# বঙ্কিমচন্দ্রগী

# কৃষ্ণচরিত্র

হন্দোকপা

সোনামণি সিংহ

বঙ্কীমচন্দ্রগী

# কৃষ্ণ চরিত

মণিপুরীদা হন্দোকপা

সোনামণি সিংহ

মঞ্জিৎ পব্লিকেসন্স

মোইরাংখোম লোক্লাওবুং, ইম্ফাল - ৭৯৫০০১

Bankim Chandra's 'Krishna Charit' translated into Manipuri by E. Sonamani Singh and published by Kamalasana for Manjit Publications, Moirangkhom Loklaobung, Imphal, 500 copies,

ফোঙদোকচবী :
এলাংবম কমলাস্না রাজকুমারী
মঞ্জিৎ পব্লিকেসন্স
মোইরাংখোম লোক্লাওবুং, ইম্ফাল



অহানবা ফোঙবা — ফেব্রুয়ারী ২০০০ ইং

লাইরিক মশীং — ৫০০

মমল — লুপা ২০০/-




নম্কম :
সুচেত্তা প্রীন্টিং ৱার্কস
মোইরাংখোম লোক্লাওবুং, ইম্ফাল

# মাহৈ থরদং

মীওইবগী মরক্তা লাইপোক ওইনা পোকখিবা বিষ্ণু মশামক্তা মী ওইনা পোকখিবনি হায়না লৌনরিবা শ্রীকৃষ্ণ মালেম অসিদা মী ওইনা শায়োন তৌখিবা পূম্নমক্কী হিরম খুদীংদা মীথোই-মীহেনবা অমনি। মাগী মতীক-মগুণ শীংথাবগী লোইবা নাইরোই। ঋষি বঙ্কীমচন্দ্রনা মহাকপু মী ওইনা শীংথাবা অসি থেংনজরুবদ। পুক্নীংদা পামজবা অমা ফংজহনা মণিপুরী ইরোল্দা থমজনীংহনা হল্দোকচবনি। মহাভারতকী অমদি শ্রীমদ ভাগবত গীতাগী সংস্কৃত শ্লোক কয়াগী অর্থ পদ্মশ্রী কালাচান্দ শাস্ত্রীগী মণিপুরী মহাভারত অমস্থং স্বামী যোগেন্দ্রানন্দগিরিগী গীতাগী মণিপুরী অনুবাদ অহু অহুম হাপচরি। পণ্ডিত শ্রীশিজগুরুমযুম নিলবীর শাস্ত্রীগী মতেংম্থু লৌজে। শ্রীঅরিবম চিত্রেশ্বর শর্মনা লাইরিকী মখুম য়েকপী। পূম্ন অসিগী মফমদা তৌবিমল থগুবা উচ্চরি।

ইম্ফাল,

তাং ২৮, ফেব্রুয়ারী ২০০০

সোনামণি সিংহ

এলাংবম ৺নৈরেন সিংহ

( ১৮৮৯—১৯৫৬ ইং )

পম্বৌ অপোকপা !

খুদোল অমজরি নঙোন্দা

"কৃষ্ণ চরিত"

মিৎয়েং তাবিনবা ।

# কৃষ্ণ চরিত

—*—

## অহানবা তাংকক্

### অহৌবা

মহতস্তমসঃ পারে পুরুষং হ্যতিতেজসম্।
যং জ্ঞাত্বা মৃত্যুমত্যেতি তস্মৈ জ্ঞেয়াত্মনে নমঃ॥

মহাভারত, শান্তি পর্ব্ব ৪৭ অধ্যায়।

"মশেক্ মণ্ডল কল্লবা সুমিৎনা অমম্বদগী য়াম্না লাপ্না লৈবত্নুগুম্না তেজ কল্লবা পুরুষ ভগবান্ মহাক্না অমম্বগী মশক ওইরবা অজ্ঞানদগী য়াম্না লাপ্না লৈ।

মহাক্কী তত্ত্ববু য়াম্না কুপ্না নৈনদুনা খঙলগা সংসারদগী মুক্তি পাম্বা সাধকশিংনা পোকপা শিবদগী লাম্থোকপা ঙম্মী। অদুগুম্বা জ্ঞানতনা ফংঙম খোকপা পরমেশ্বর মহাকপু হন্না হন্না খুরুমজে॥"

## অহানবা শরুক

## লাইরিক্কী পান্দম

ভারতবর্ষকী হিন্দু অরায়বনা থোইদোক্না বাঙলা মৈতৈগী হিন্দু পুম্নমক্না শ্রীকৃষ্ণবু ঈশ্বরগী অবতারনি হায়না থাজৈ। কৃষ্ণদি ভগবান মশামক্নী হায়বনি মখোয়না চেৎনা থাজৈ। বাঙলা প্রদেশতদি মরুম পূম্বা কৃষ্ণবু নীংবৈ। খুলং খুনীংমক্তা কৃষ্ণগী মন্দির লৈ, য়ুমথোং য়ুদীংমক্তা কৃষ্ণ পূজা